## চৈথাবা হৌখিবগী মতম

মৈতৈগী চহি হৌবগী ''চৈথাবা'' হায়বা থৌরমসি পাংথোক্পা হৌদোকখিবগী মতমসি চৈথারোল কুম্বাবনা মৈদিংঙু থাংবাই নিংথৌবা (থাংবাই/ থাংমৈ লমদমদা পোকপগী অমসুং পানবগী মমিংনি) নৎত্রগা সেনবী ক্যাম্ব [সেনবী (HSEN-WI) লৈপাক্কী মনাক্তা লৈবা কবো ক্যাং (KIANG) ওম্বগী মিংথোন্নি] গী সনা হাক্তক (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) কী শক/শকাব্দ ১৪০৭ (খৃঃ ১৪৮৫) তা চৈথাবা হৌবনি হায়না পীরি। মসিগী ৱারোন্দিঃ-

...শক ১৪০৭ হিয়াংলোইনা চৈথাবা হৌএ (মথক্কীসিদা,২০)। অসিনি। হায়রিবা শকাব্দ/শক-কুমশীঙ অসিদা চৈথাবা হৌই, হায়বসি কদায় ফাওবা চুম্লবগে, হায়বসিগী-মিৎয়েংসিদা শক-কুমশীঙ/চহি মশীঙ অসি খঙজীনবীবদা মতুংদা কান্নবা লাকখিগনি। হায়রিবা চহি অসি বেঙ্গোল (নোংচুপ বঙ্গ) দা গৌরিয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী শ্রীকৃষ্ণ সাধনা সম্প্রদায় (Sect) গী রাসেশ্বর/ বৃন্দাবনেশ্বর রাধানাথ শ্রীকৃষ্ণ উপাসনা তৌবা (নীঙবা) শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি উপসম্প্রদায় (Subsect of divine Krishna devotion) গী প্রচারক (ধর্ম্ম শন্দোকপা মী) গৌরাঙ্গ/চৈতন্যদেবগী মপোক/পোকপগী চহিনি।

মৈতৈনা খ্বাইদগী ঈকোন-কোননা লাইমিং/দিক্ষ্যা লৌখিবা, চৎখিবা অমসুং চৎলিবা হিন্দু ধর্ম্মগী গৌরিয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মাধ্বচার্য্যা/মাধ্বী/ব্রহ্ম সম্প্রদায় হায়বসিনি। মসিগী মমাঙদা খৃঃ ১৭০৪ দা শাক্ত ধর্ম্মগী কালিকা লাৎপা লাইনীঙ, খৃঃ ১৭১৭ তগী নিম্বাদিত্যা/নিমাৎ/সনক নৎত্রগা নিমানন্দি/নিমান্দিগী রাধা-কৃষ্ণ তুমা/জুরা/যুগল লাৎপা লাইনীঙ অমসুং খৃঃ ১৭২৯-৩০ দগী রামাৎ/ রামান্দিগী রাম-সিতা-লক্ষ্মন, হনুমান লাৎপা লাইনীঙশিংসিসু গৌর/বঙ্গদেশতগী পুশিল্লক্কুনা লাইমিং লৌরগা মতম খর খর চৎলম্মী। অদুবু ব্রহ্ম সম্প্রদায়সিনা মায়পাক ফিরান পায়খি। মরমদি হায়রিবা ধর্ম্মসিদদি বেঙ্গোলীশিংনা ধর্ম্ম শন্দোকপা মীবু লাই ওলহল্লিবা, শ্রীবিষ্ণুগী ৮শুবা অবতারগী অবতার ওইহল্লিবা, সিলেট মচা নবদ্বীপতা পোকপা অমসুং চাওরকপা গৌরাঙ্গ অমসুং মহাক্কী চেলা (Disciple) শিং — নিত্যাইনন্দ, অদ্বৈতনচিংবদু ধর্ম্ম সম্প্রদায়সিগী ময়োৎ ওইবা লাই শ্রীবিষ্ণু (Axial divinity divine Vishnu) গা পুন্না আসন (Seat) অমত্তদা চৎমিন্নবা য়াই। অচৌবা/অথোইবা/অথৌবা মীবু লাই ওইনা

লাংপা য়াদে হায়বা লৈতে, লাংনৈ অদুবু মখোয়দু লাই নত্তে, মীনি। অদুনা চৈতন্যদেবসু লাই নত্তে, মৈদিংগু ক্যাম্বনা চহি ৪২ (নিফুনিথোই) হুনবা মীওইনি।

চৈথাবগী থৌরমগী মমাঙগী চহিদা চৈথাম্লবা অমসুং চঙলক্লিবা চহিদুগী চৈথাগদৌরিবা মীশক অনিনা থৌরমসিদা থৌদাং পীবা অমসুং লৌবগী লাউথোক্লরিবা ঋরোল/মরোলগী মনুংদা চৈথাগদৌরিবা মীওইদুনা থৌদাং লৌবগী লাউরিবা/হায়রিবা মরোল অসি মীচম-মীয়াম্না ঙাংন-শক্লবা লোনগী লোন্দা-পুদা নত্তে, সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোইশঙগী ঈকাইখুম্নফম ওইরবা অথোইবা পণ্ডিতশিংনা লাইরিক-লাইশুগী মায়কৈরোমদা অচেৎপা মিৎয়েং থমদুনা শেম-শারবা ঋরোন্নি। মীচম প্রজানা ঙাংন-লোন্নদবা লোন অসি ১৯শুবা/২০শুবা খৃষ্ট শতাব্দীগী লোন্দানি হায়বদু মখাদা লৈয়ি চিংদুনা (অণ্ডর লাইন তৌদুনা) মশক তাক্লিবশিংদুগী খুদম-চাংদমদি—

ঐবু শীজবা <u>ইবুংঙো</u>, লাইনিংথৌ নোংথৌরেন অঘৌবা
তাইবং সোরারেন নমু পোংহনবা-ও
নয়ু তুবি য়োইনোংতা নোংতা লাইরেন পাখংবা
অঙৌবা লাংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিংসোম্বা
চীংগু <u>অনিমক্কী</u> লোইদাম মকুমথাবু
মৈনা ঋাই তাংনা শম্না নয়ু নিংথৌরোল <u>খুদিংদা</u>
কোংবা লৈথোং ফাৎ, শজিফু লৈখুন ফুন
থাংজিং মখোকলাং, খোক্লাং মচৈ খাং
পাখং হুয়েন লানপাম্বনা লান্দাখোক, কংলা মৈচেনখোক
হুয়েন লমচাওবা ফানচৈ, শিননাই নানি লোংবনা খোক্লাং কামুচৈ
শরিক খিংখিং থাংনা লৈরক থৌগায়চৈবু
খোক্লাং লেংদা থোংদা চৈথাবা কুম
লোইদাম কুম্বা অনৌবনা চৈগারকপা <u>অসিদা</u>
<u>ফন্ত-হৌদি</u> শাবাও-লানবাও <u>কল্লক য়েক্ল’</u> <u>পুন্নমক্তি</u>

বারেম-লম্লেম খুনজিন লানজিন মীচন মীপাউ হকখি শোইনাই
তিম্বুং লাইথুং অয়ান অহুই পুম্মমক্তি
নদাইরেম ঐনা তাংজা লৃদা থোংনা পুজরগে॥
ঐবু শীজবা ইবুংঙো লাইনিংথৌ নোংথৌরেন অথৌবদি
নুম্বিৎকুম মশোং চাও, থাজগুম মঙাল নাইনা
কুমজা তেকহৌনা থাজ নৌহৌনা
পুন্সি চারি কুই, বাংঙম খোংদোন শাং
তাহ্লোং ময়ুং কুই লেমথোং মফৈ পাকপা
পোইরৈ খুনহোং লৈহোংবা খুঞ্জাও লৈচাওববু
লেপ্পা তানফংলঙেনে॥ [কে:ব:স:, ১৯৯৪, ২৩-৩০ অমসুং ই: অ: (প:), ১৯৮০, ৮-৯]

অসিনি। অদুগা বারোলসিদা য়াওরিবা মৈতৈ-মচৎ-মনাৎশিং [Culture] অমসুং লাইনীঙশিং [Cults]— সোরারেন/কসা লাৎপা লাইনীঙ (মৈদিংঙু খাগেম্বা, খৃঃ ১৬৩৫), পাখংবা লাৎপা লাইনীঙ (মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা, খৃঃ ১৭০৬), কাইনৌ চীঙশোম্বা [নোংপোক নিংথৌ] লাৎপা লাইনীঙ মৈদিংঙু খাগেম্বা, খৃঃ ১৬৪৮), পাখংববু নিংথৌজা য়েক্কী পুকোক ওইনা পুশিল্লকপা (মৈদিংঙু গরিবনিবাজ, খৃঃ ১৭৪৭), অঙোম য়ুম্নাক্কী পীবাশিংদগী লংমাইথেম/ নোংমাইথেম য়ুম্নাক্কী পীবাশিংনা অঙোম য়েক্কী নিংথৌগী মিংথোন– অঙৌবা/ অঙৌপাম্বা শীজিন্নবা অমসুং ফম্বাল মুনখিবা [মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ, খৃঃ ১৮২৬ (মথক্কীসিদা, ২২৬)] অসিনচিংবসিদসু মিৎয়েং থম্বীদুনা য়েংশিন-থিজিনবীগদবশিংদিঃ-

(১) কোংবা লৈথোঙ ফাৎপা, শজিবু লৈখুন ফুনগী লাইথৌ থৌরম তৌবদা থৌরমসি তৌফম কোংবদা লৈরিবা অঙোম পোকপা লাইফম অমসুং নিংথেম পোকপা লাইফমদা ঈরাৎলিবা লাইশিংসি কনা কনানো? লাইথৌসিদা নোংদা লাইরেন পাখংবগা লংমাই কাইনৌ চীঙশোম্বা (লংমাইথেম/ নোংমাইথেমগী পুকোক) গা ঈরাৎলিবসি করিগী? অনিসি মরী ঈরৈ লৈনদনা

করয়া পুনশিল্লক্রিবনো? অঙোমগী অঙৌবা পুরেরোম্বা (কাইনৌ চীঙশোম্বাগী মনাউ নুপা) গা ওইগ্রিবা করিগীনো, মখোয় অনিসিনি পুল্লিবসি অমসুং পুরেরোম্বা অঙৌবসিবু পাখংবগী শাদোংনি হায়দুনা তাউরোইনাই হায়বা মিংথোলসি পীরিবনি?

(২) চৈদা শরীক থাংদুনা/পুন্দুনা শেম-শারগা লৈরক্তা মথৌ/থবক/ থৌগায় তৌনবা চৈ ওইনা লেংবান্দা থোংদুনা পুবা হায়বিবসি কবিনো, নুমিত্তুখক্তগীরা? মসিদি বাঙ্গালীশিংগী চহী হৌবগী লাইথৌ থৌগম চরক পূজাগী তোর্বান্দা, লম্বীদা অমসুং লাইশঙদা চৎপদুগী মওং-মতৌদুনি, মখোয়গী চহি হৌবগী লাইথৌ তৌবগী খঙনবদু মৈতৈগীনা চহি লোয়রে, মথংগী নুমিত্তগী অনৌবা চহি হৌরগনি হায়বগী ৱাখল্দা খঙনহন্নখিবনি, চাহৈ/চহি হৌবা নুমিৎকী লাউথোকপা নত্তে, মসিগা চহি হৌবা নুমিৎকী লাউবা/লাউথোকপগা শেন্নে। চৈ থাদোক্লগা চৈথাবনা চহি হৌদোকপগী/হৌবগী লাউবা তোক্লিবা/লেপত্রিবা করিগীনো?

মথক্কী ৱাফমশিং অসিনা হৌজিক্কী মিৎয়েংদা পুরক্লিবদি মৈদিংঙু শেনবী ক্যাম্বগী মতমসিদা নোংপোক নিংথৌ কাইনৌ চীঙশোম্বগী লাইনীঙ [মথক্কীসিদা, ৪১] অমসুং লাইয়িংথৌ পাখংবগী লাইনীঙ [মথক্কীসিদা, ৬৯, ১৯৩, ১১৮] প্রোক্লিঙৈ অমদি লাইয়িংথৌশিংসিগী মমিং-মথা ফাওবা লৈত্রিঙৈগী মতমনি, হেক্তা হায়জিল্লিবনি। বঙ্গদেশকী শ্রীহষ্ঠ/শ্রীহট্ট/পাসা/সীলেট (Sylhet) মচা নিমাই/চৈতন্যনা নবদ্বিপ্তা পোকখিবা চহি শকাব্দ ১৪০৭ (খৃঃ ১৪৮৫) অসিদা চৈথাবা হৌদোকখিবা/হৌখিবা নত্তে, মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী সনা হাক্তক্কী খুম্বোংময়ুমচা মনিরাম, সিদ্ধান্তগা, চিরোমচা শ্যামরামগা অমসুং ওয়নাম অনন্দরামগনা মিত্রং তৌবনি। মমাঙদা পঞ্চখিবদুনি শ্রীশ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী লাইমাঙদা নৎত্রবদি চৈথাবগী লাইথৌ থৌরম তৌবা; লৈপাক্কী অফ-ফত্ত, অৱা-অনানচিংবগী থৌদাং পুগে হায়না ৱাশকপগী থৌ তৌবা/পাংথোকপা য়াদে, মরমদি মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র/চীঙথংখোম্বনা শেমজ-শাজবগী মতুংইন্না শ্রীশ্রীগোবিন্দজীনা মণিপুরগী নিংথৌনি, মহাক্কী যুবরাজনা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র/বৃন্নামচন্দ্রনি, সেনাপতিনা শ্রীরামজী প্রভূনি, মরম অসিনা কাক তানবা/যাত্রাদা লাই অনিসিদা যুবরাজ অমসুং সেনাপতি ওইনা অভিষেক তৌরিবনি।

মথক্কী মরমশিং অসিদা মিৎয়েং থমদুনা লাং কাইরকপদা মৈতেগী চহি হৌবগী মশীঙ থাবা চৈথাবা অসিগী থ্বাইদগী ঈহান হান্না থৌরম তৌবা/ পাংথোকপা হৌখিবসি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী মচা হাক্কী মতম, শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভূগী ৩০০ শুবা মপোক-চহিনা তাবা কুম শকাব্দ ১৭০৭ (খৃঃ ১৭৮৫) দনি। অদুগা থ্বাইদগী ঈহান হান্না চৈথাখিবা মীশক্না লাইরিকয়েংবা মুনিবামনি। মৈতৈগী য়ুম্নাক্তা "ম" (ময়ুম হায়বা থ্বাইহেসিগী মহুৎ শিনবা) না লোম্বা/লোয়বা নৎত্রগা অরোয়বদা "ম" হাপ্পা/থম্বসিদা "বা/পা" না লোম্বা নৎত্রগা "ম" না লোমদনা "চা/মচা" না লোমদুনা মী অমা য়ুম্নাক্তা কোন্ননা শক্তাকপসি নৎত্রগা হায়বসি মৈতৈগী চৎনবীনি। খুদম ওইনা – কাংঙবম থাঙ্গাল, কংঙবা থাঙ্গাল, কাংঙবমচা থাঙ্গল, কাংঙব মচা থাঙ্গাল অসিশিংসিনি। অদুবু থ্বাইদগী হেন্না চৎনবদি "বা/পা" না য়ুম্নাক্তা লোম্বা অসিনি, হায়বদি লাইবিকয়েংবম মুনিরামবু "লাইরিকয়েংবা মনিরাম" হায়দুনা ইরম্লিবসিনি। হায়রিবা মিঙৌ-থাগৌ/মিংয়ি-লাকয়িগী চৎনবী অসি থুগায়দুনা পীবিবা, চৈথাবা মীশিংগী য়ুম্নাক হৌজিক্কী মতমগীগুম্না "ম" না লোমদুনা পীরিবশিংসিনা তাক্লিবদি মখোয়শিংসি মীখুৎশেম্লি হায়বদু তাকচরবনি। মরম অসিনা চৈথাবা মতুংগী চহি শকাব্দ ১৭০৭ তা হৌদোক্লগা শ্রীচৈতন্যদেবগী মপোক্কী চহি শকাব্দ ১৪০৭ অসিদা মহাপুরুষ অসিবু ঈকাই খুম্নবা উত্তুনা "লাইমিং অনৌবা চন্দোন কোৎ" হায়বদুগী ফিবমদা পাঞ্জিগী মহৈ হৈরকপদগী পাংথোক্লকপা থৌরম্নি।

## (ঘ) চন্দ্রাব্দ নৎত্রগা মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক

মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক (চন্দ্রাব্দ) অসিগী মরমদা মথক্তা খরা পঞ্জশে। কুম্বারোল অসি ভারতকী লাইওই তীনওইবগী থ্বারী-শীঙবুন্দা য়ারিবা উজ্জয়িন সহরদা পাল্লম্বা বিক্রমাদিত্য অদুমক্লি হায়রবা গুপ্ত-নিংথৌ-শাগৈগী-নিংথৌরেন বিক্রমাদিত্য [অনিশুবা চন্দ্রগুপ্ত (Chandragupta II: 375-413 A.D.)] কৌবা, মহাক্কী রাজসভাদা কলিদাস, ভবভূতি, বরাহ, মিহীর, বররুচী, খোনা (নুপীনি), মাঘনচিংবা পণ্ডিত মাপন, নবরত্ন হায়না খঙনবনা লৈতেংবা মহারাজসিগী জ্যোতিষ বিদ্যা [পাঞ্জিগী মহৈ (Astrological Science)] গী পণ্ডিতশিংগী "বাস্পতি" কৌবা জ্যোতিষকী লাইরিক্তা য়ুম্ফম ওইদুনা মৈত্রবাক-মণিপুরদা কবো খুম্নোংময়ুমচা মনিরাম সিংহ, চন্দ্রসিদ্ধান্তনা খৃঃ ১৭৬০ দা

ইথোকপা "জ্যোতিষচন্দ্রিকা" কৌবা মৈতৈগী পাঞ্জি লাইরিকী মতুং ইন্না থাম্বী খোঙজত্তগী মতম লৌদুনা চৎনবা চহিগী কুম্বা কুমশীঙগী শকাব্দ ১৬৮২, খৃষ্টাব্দ ১৭৬০ দা কুমশীঙ ৯৭১ (চামাপন হুম্ফুম্রামাথোয়) ওইবা কুম্বারোল্নি [মথক্কীসিদা, ১২৩, ২৩৬-৩]। কুম্বারোল অসি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা ময়াম্নুং গৌরশ্যাম/মরাম্বা (খৃঃ ১৭৫৩-৫৯ অমসুং ১৭৬১-৬৩) গা চহি ৫/৫ নিংথৌ ওইনবগী অহানবা পানবা মতম (খৃঃ ১৭৫৯-৬১) দা শেম-শাখিবনি। মসিনা খ্বাইদগী ঈহান হানবা মৈত্রবাক্কী কুম্বারোল অমসুং কুম্বাবনি।

<u>মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক শেমদোকপা</u>

মৈতৈ কংলৈবাক্কী চন্দ্রাব্দ শক/কুম্বাবসি খর মখৈ পৌরপ চৎলি হায়দুনা মৈদিংঙু চীঙলেন-নোংদ্রেন-খোম্বা [রাজা গম্ভীর সিংহ (খৃঃ ১৮২৫-৩৪)] মহারাজগী সনা হাক্তকী খৃঃ ১৮৩০ দা অমুক হন্না নৌনা শেমদোক-শেমজিন তৌখি [মথক্কীসিদা, ২৩৬-৩৯ অমসুং মথক্তসু য়েংবীয়ু]। নিংথৌগী সনা য়াম্বং ফংবগী মতুংইন্না খুম্বোংযুম মনিরামগী মশূ, খুঃ দেবকিশ্বর সিংহ, পাঞ্জি শঙলাকপনা হান্নগী লাইরিক "জ্যোতিষ চন্দ্রিকা" দু শেমদোক্তুনা "লঘু জ্যোতিষ চন্দ্রিকা" কৌবা মৈতৈগী পাঞ্জি লাইরিক অমা অমুক লেংথোক্তুনা খৃঃ ১৮৩১ দগী চৎনহনখি, মদুগী ৱাপাংদি ঃ-

...ৱাংনু হাওচৌগী কুম শক ১৭৫৩ ... শজিবু থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। অদু নুমিত্তা শ্রীচীঙলেন নোংদ্রেনখোম্বা মহারাজনা ব্রাহ্মণ-সভা, শ্রীযুবরাজনচিংনা অঙম-অথৌ পুম্নমক্কা লোইননা শ্রীগোবিন্দজীগী মাঙোবতা ফমদুনা শ্রীখুনবোং দেবকিশ্বোর পাঞ্জি শঙলাকপনা শেম্নকপা লঘু জ্যোতিষ চন্দ্রিকা কৌবা লাইরিকপু তাহনএ। শ্রীযুৎনা মসিদি পঙনগী শীনবা ঙম্বা নত্তে, মহাক্কী মবুথৌ চন্দ্রসিদ্ধান্তমক্কা মহাক্কা তৌরম্বা লাইরিকপু ১রক ফনা তৌ-ও হায়না পোক্লবা ওইরে হায়না চন্দ্রসিদ্ধান্ত কৌবা মবুথৌ ফম্বু হাপ্পীএ। অদু নুমিত্তগী হৌনা লঘু জ্যোতিষ চন্দ্রিকা কৌবা লাইরিক অসিনা মণিপুর দেশ অসিদা চৎনরে (মথক্কীসিদা, ২৩৮-৩৯)।

অসিনি। অদুবু মৈদিংঙু/সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ [নিংথেমপীশক, ঈশ্বর সিংহ, সনাহন, নাউজীঙলেন নোংদ্রেনখোম্বা (খৃঃ ১৮৩৮-৪৪ অমসুং ১৮৫০-৮৬)], কে: সি: এস: আই: (Knight Commander of Star of India)

না শকাব্দ ১৭৭৪ (খৃঃ ১৮৫২) দা চন্দ্রাব্দ কুমশীঙ ১০৬৪ (লীশীঙ অমা শুপ্না হুম্ফুমরি) লেপ্তুনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা হৌদোক্লম্বা কুম্বারোল অমসুং কুম্বাবসি চংনহনখি হায়রিবসিগী ৱাপাং-তেংবাংদি—

... অদ্রো গোবিন্দগী কুম শক ১৭৭৪ শ্রীযুৎ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা মবুধৌ ইবুংঙো চীঙথংখোম্বনা চংলম্বা শ্রীচন্দ্রাব্দ কৌবা শোকপু চংকে হায়দুনা মতোন ইবুংঙো পাঞ্জি শঙলাকপা চন্দ্রসিদ্ধান্তদা হায়দোকুনা চংনৈএ। শোক মহাক্তি ১০৬৪ নে (মথক্কীসিদা, ৩১৩)।

অসিনি। হায়রিবসি জ্যোতিষ চন্দ্রিকা অমসুং লঘু জ্যোতিষ চন্দ্রিকা অনিসিদা খুম্মম ওইবনি। অদুগা বৃটিশনা মৈত্রবাক-মণিপুর লৌশিনখ্রবা অমসুং মৈতৈগী মাজাবিখি মুংশ্রবদগী মৈদিংঙু চুরাচান্দ সিংহ [নিংথেমপীশক, তুবী ঈশম থৌবা (খৃঃ ১৮৯১-১৯৪১)] কে: সি: এস: আই:, সি: বি: ঈ: (K.C.S.I., Commander of British Empire) না খৃঃ ১৮৯৩ গী এপ্রিল ১৩ দগী অমুক হন্না জ্যোতিষ চন্দ্রিকাগী কুম্বারোলসি হিঙ্গংহনখি। অমসুং চংনহনখি, হায়রিবসিগী খুদম চাংদমদিঃ—

...সেকমাই ললিতোগী কুম শক ১৮১৫ নিংথেম চীঙথংখোম্বা হাক্তকা চংলম্বা চন্দ্রাব্দ কৌবা পাঞ্জি খুৎপায় তোক্কুনা চুরাচান্দ মহারাজনা ঐদি ইবুথৌনা চংলম্বা ভাস্পতি কৌবা খুৎহোৎ অসি চংকে হায়দুনা চৈরাপকী অঙম্বা, মবুধৌ মন্ত্রী, নোংমাইথেম অঙোম নিংথৌ, চীঙ্ঙাখম নোংথোনবা, নোংমাইথেম পুত্রনবা, নিংথৌজাম্বা নহারুপ লাকপা অসিনচিংবা লৈপাক পুন্নমদা হায়দোকএ। অদুদা লৈপাক্কী অঙম্বা পুন্নমনা নিংথৌনা পামই হায়বা অদু মঙাই হায়না বাহেংবা পাঞ্জি শঙলাকপা, লাইরেনলাকপা পাঞ্জি ফম্নে অসিদা হায়দোকখিএ। ভাস্পতি চংখি (মথক্কীসিদা, ৫১৪)।

অসিনি। চন্দ্রাব্দগী কুমশীঙ পীবদা শকাব্দগী কুমশীঙগা লোইননা পীদুনা চন্দ্রাব্দ কুম্বারোলসি শকাব্দ কুম্বারোলগা লোইননা চংমিন্নে অমসুং চন্দ্রাব্দসিগী লৌরিবা/লেপ্লিবা কুম্বারোলগী চহিসি শকাব্দ ১৬৮২ অমসুং খৃঃ ১৭৬০ দা কুমশীঙ ৭৯১ (চামাপন হুম্ফুতরামাথোয়) নি। অসম্না অনি তুনা চংমিন্নবসিগী খুদমদিঃ-

... পুখ্রম্বম পাংঙনবী কুমদি (শক) ১৭০৮, চন্দ্রাব্দ ৯৯৮। ১৫নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওই (মথক্কীসিদা, ১৪৫)।

অসিনি। অসুম্না শকাব্দগা চন্দ্রাব্দগা পুন্না ইবসি শকাব্দ ১৭০৯, ১৭২৭, ১৭২৮, ১৭২৯, ১৭৩০ অমসুং ১৭৩১ অসিখক্তনি। অদুগা হায়রিবা কুম্বারোলসিগী চহি মশীঙ থীবা হৌরিবা শকাব্দ ১৬৮২ দা চন্দ্রাব্দ ৯৭১/৯১২ ওইরিবসিগী হৌফমসিগী মশক তাকপা লৈতে অদুবু "মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক" হায়রবনিনা মণিপুর/মৈত্রবাক্কী নিংথৌ পানবা লৈপাক্কী মতম অমা হৌবদগীনি, হায়বসি মশানা তাক্তরবা য়াফম্নি।

মৈতৈগী চন্দ্রাব্দ কুম্বারোলগী কুম্বা-খুৎপা অসি মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা থাবান কুম্বারোলগী অরেপ্পা হৌফম-থিফমগী কুমশীঙ অরেপ্পা অমা লৈতবা অদুদা কুমশীঙ পাফম-হৌফম হাপচিনবগী য়াফমখক্তনি অমসুং থাবান কুম্বারোলসিগী কুমশীঙ-কুম্বাবদু শকাব্দ কুমওন-কুমচত্তা ওনথোক-ওনশিন তৌনবশিং (মথক্তা মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা থাবান-কুম্বারোনদা উৎচখিবশিং) দু খর নীঙথিনা হাপকৎলকপগী/হাপচিল্লকপগী য়াফমদনি। চন্দ্রাব্দ অসিসু হিন্দুগী শকাব্দ কুম্বারোলগী বিষুব/মহাবিষুব (বিশ্ব) সংক্রান্তি (Solar/Vernal Equinox) তা বৈশাখগী অহানবা তারিখকা মৈতৈগী শজিবু/কালেনগী তারক্লিবা থাবানগা মান্নহন্দুনা অমসুং হিন্দু থাচৎশিংদুগী সংক্রান্তি (থাদুদা নক্ষত্রশিংগী লম্বীশিং তীন্নরবা/শোক্লরবা) নুমিৎকা মৈতৈগী থাচৎশিংগী থাবানগা/মাকমৈগা মান্নহন্দুনা চৎমিন্নহল্লগা সৌরমাস (Solar month) অমসুং চন্দ্রমাস (Lunar month) অনিসি মান্ন-মান্ননা পুবনি। অদুগা চন্দ্রাব্দ অসিগা শকাব্দ অমসুং খৃষ্টাব্দগা ওন্থোক ওনশিন তৌনবা (Conversion) গী মওং-মতৌদিঃ-

১) শকাব্দ অমসুং চন্দ্রাব্দ

শক কুমশীঙ ১৬৮২ চৎলিঙৈদা লেপখিবা চন্দ্রাব্দসি ৯৭১ + (চৎলিবা কুম/চহিদুগী মশীঙ) ১ = ৯৭২ নি।

শক কুমশীঙ – ১৬৮২

চন্দ্র কুমশীঙ ৯৭২

৭১০ — শকাব্দ অমসুং চন্দ্রাব্দগী খেন্নবা চহি মশীঙনি।

২) খৃষ্টাব্দ [Anno Domini (A.D.)] অমসুং শকাব্দ

খৃষ্ট কুমশীঙগা শক কুমশীঙগা অনিগী খেন্নবা চহিসি ৭৮ নি। মসি মৈতৈনা শীজিন্নরিবা শকাব্দ (মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা থাবান কুম্মারোলগা ঈরোইননা) গা খৃষ্টাবগা খেন্নবা চহিসি— থা ৮ গা মখায়গীনা চহি ৭৮ অমসুং অকোনবগী থা ৩গা মখায়গীনা চহি ৭৯ ওই।

৩) খৃষ্টাব্দ অমসুং চন্দ্রাব্দ

খৃষ্ট/চন্দ্র কুমশীঙদগী চন্দ্র/খৃষ্ট কুমশীঙদা ওনবা তারকপদা মথক্তা শীজখিবা (১) অমসুং (২) গী খেন্নরিবা চহি অনি অসিগী মতেং লৌগদবনি, মদুদিঃ-

অ) শকাব্দনা চন্দ্রাব্দদগী হেনবা চহি মশীঙ ৭১০

আ) খৃষ্টাব্দনা শকাব্দদগী হেনবা চহি মশীঙ ৭৮/৭৯

খৃষ্টাব্দনা চন্দ্রাব্দদগী হেনবা চহি মশীঙ ৭৮৮/৭৮৯

মরম অসিনা

ই) খৃঃ ২০০৫ = শকাব্দ ১৯২৬/১৯২৭ = চন্দ্রাব্দ ১২১৬/১২১৭

ঈ) শকাব্দ ২০০০ = খৃঃ ২০৭৮/২০৭৯ = চন্দ্রাব্দ ১২৯০

উ) চন্দ্রাব্দ ২০০০ = খৃঃ ২৭৮৮/২৭৮৯ = শকাব্দ ২৭১০

অসিশিংসিনি। কুমদুগী চৎলিবা থা অমসুং থাদুগী থাবানগী মতুং ইন্না চন্দ্রাব্দদগী শকাব্দ অমসুং খৃষ্টাব্দদা ওইগে হায়রবদি চহি ৭১০ অমসুং ৭৮৮/৭৮৯ মথংশীংনা তীনশিল্লগা শক অমসুং খৃষ্ট কুমশীঙশিং ফংই। অদুগা খৃষ্টাব্দদগী অমসুং শকাব্দদগী চন্দ্রাব্দদা ওনগে হায়রবদি মথক্কী হেক থংনরবা অঙ্ক খুৎহোৎসিগী ওন্ন-তৈনবা অঙ্ক খুৎহোত্তা হোৎনবনি, হায়বদি খায়দোক্কনি।

চন্দ্রাব্দ কুম্মারোল অসি চৈথারোল কুম্মাবদা য়াম্না চাং নাইদনা শীজিন্নে। মসিনা শকাব্দগা শাগোন্ননা চৎলিবশিংদু শকাব্দ ১৭০৮ দগী চন্দ্রাব্দ ৯৯৮ হায়না থাদুনা হৌই। মসিদগী শকাব্দগা চন্দ্রাব্দগা অনিগী খেন্নবসি কুমশীঙ/চহি ৭১০ নি হায়বসি অসুম কায়দনা উৎলি। অদুগা চন্দ্রাব্দগা শকাব্দগা পুন্না চৎমিন্নরিবা চৈথোরোল কুম্মাবগী কুমশীঙশিংদুদি— শকাব্দ ১৭০৮ (চন্দ্রাব্দ ৯৯৮), ১৭০৯ (৯৯৯), ১৭২৭ (১০১৭), ১৭২৮ (১০১৮), ১৭২৯ (১০১৯), ১৭৩০

(১০২০), ১৭৩১(১০২১), ১৭৫৩(১০৪৩), ১৭৭৪(১০৬৪) অমসুং ১৮১৫ (১১০৫) অসিশিং অসিদনি (মথক্কীসিদা, ১৪৫, ১৪৮, ১৮৯, ১৯৩, ২০১, ২০৫, ২০৭, ২৩৯, ৩১৩ অমসুং ৫১৪)। চন্দ্রাব্দ কুমশীঙ অসি খৃঃ ১৭৬০ সিদা হৌদোকখিবসিনা হৌজিক (খৃঃ ২০০৫) ফাওবসিদা কুম্বারোলসিনা কুম্বারক্কিবসি পুন্না চহি ২৪৫ খক্তা মঙাইহিরি।

## চন্দ্রাব্দ কুম্বাবসিনা থিন্দুনা তাক্কিবা
## চৈথাবা হৌদোকখিবগী লীখুন-কাংখুন

মৈতৈ বৈষ্ণবশিংনা মৈতৈগী কুম/চহি হৌবগী নুমিৎ [New Year's Day] তা চৈথাবগী থৌরম পাংথোকখিবসি চৈরাউবগী লেমহৌখাক ওইনা লাক্কিবা অনৌবা চহিবু হরাও-তয়াম্না ওক্তুনা শৈথারগা লৈঙাক-থৌগায় পুরিবা লৈপাক্কী ফম্নাইবা মরিনা ৱাশাং অমমমদা শরীক থাংদুনা/পুন্দুনা লৈরক কোনশাং থুংনা চত্তুনা চহি/কুম লোয়বা অমসুং অনৌবা চহি ওকপগী লাউবা/ লাউথোকপদগী লৌথদুনা লৈপাকসিগী অকোয়বদা লৈরিব্া মপান-লৈপাকশিংগী মরক্তা মরী থম্নবগী লৈঙাক-কাঙখুন-কাঙলোন [Foreign Diplomatic Policy] দা হৈ-শীংলবা মৈতৈগী মবুংঙো শেনবী ক্যাম্বাগী সনাহাক্তুক্তা ''হিয়াঙলোই'' হায়বা য়ুম্নাক য়াওদবা মমিং অমবু চৈথাবা ওইহন্দুনা শকাব্দ ১৪০৭ তা হায়না তশেংনা থৌদোক থোকপা, থৌরম পাংথোকপা মতমদগী মাঙজৌননা, মতম য়াম্না চৎখৎনা লৌরি। হায়রিবা শকাব্দ কুমশীঙসি করিনো, করিগা, কনাগা মরী লৈনবগে হায়বদু মথক্তা হায়জস্রে। হায়রিবা শ্রীচৈতন্যদেব গৌরাঙ্গ মহাপ্রভূগী মপোক কুম/চহি (Birth Year) অসিদা পল্লেফম-হৌফম ওইরগা বেঙ্গোলীশিংনা চৈতন্যাব্দ কৌবা কুম্বারোল অমা চৎনরি। অদুনা শকাব্দ ১৪০৭ তা চৈথাবা হৌদোকখিবা ওইনা পীরিবসি গৌরিয় ধর্ম্ম চত্তবা হিন্দুশিং— ব্রাতশিং,কিরাতশিং, শৈবশিং, শাক্তশিং, বৌদ্ধিকশিং, জৈনিকশিং, শিখশিং, অসিনচিংববু মিৎলং-মায়রং মরূমগী লাইব্রা শান্নদুনা মৈতৈ গৌরিয় বৈষ্ণবশিংনা চৈথাবগী মিংদা/নামাদা বেঙ্গোলীশিংগী চৈতন্যাব্দ কুম্বারোল চৎলি, হায়বনি। কনাগুম্বা বৈষ্ণব অখণ্ড-অহৈ অমনসু মহাক্কী লাইরিক ফোংবগী কুমশীঙ থাবদা চৈতন্যাব্দ শীজিন্নদুনা

থাই। মসি লাইরিক্কুগী মনুংগী চেথুমদা থাই অমসুং থারিবা কুমশীঙনা–শ্রীচৈতন্যাব্দ ৪৬৩ (খৃঃ ১৯৪৮) নি (ও:গ:স:, ১৯৪৮, চ)।

মৈতৈগী চন্দ্রাব্দ কুম্বারোলসিগী শকাব্দ ১৬৮২ দা চন্দ্রাব্দ কুমশীঙ ৯৭১/৯৭২ নি হায়না পীরম্লিবা অমসুং কুমশীঙ ৯৭১/৯৭২ অসি কদায়দগী/ করিদগী লৌরিবনো হায়বা তাক্লিবসি অমসুং মখোয়না বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী বাচস্পতি কৌবা লাইরিক্লা য়ুম্ফম ওইবনি হায়রিবসি শঙ্করাব্দ, হায়বদি শঙ্কর/ শঙ্করাচার্য্য (খৃঃ ৭৮৮-৮৩০) গী কুম্বারোলদগী লৌবা কুমশীঙনি। অদুনা শকাব্দ ১৭০৮ দা পীরম্লিবা চন্দ্রাব্দ ৯৯৮ কুমশীঙনি হায়রিবসি শঙ্করাব্দ কুমশীঙনি, তাকথোক্কবগী বাদনি। হায়রিবা চন্দ্রাব্দ নৎত্রগা মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক লীংখৎপগী কুমসিংগী মমাঙগী কুম শক ১৭০৭ (খৃঃ ১৭৮৫) সিদা চৈথোবগী থৌরমসি হৌখিবনি, হায়বসি চন্দ্রাব্দ কুম্বারোল লীংখৎপসিনা থিন্দুনা তাক্লি। মসি "কেকু", "ফোং-ফোং" হায়বদুনি। মরম অসিনা শরীক থাংবা বাশাং পায়দুনা কায়নত্রগদবা চহি অমসুং ওঙলক্কদৌরি-ওইরক্কদৌরিবা কুম লাউবগী/ লাউথোকপগী বাফম/বারমসি, মমাঙঙৈদা তৌখিবা "লৈরক থৌগায়ববু পাকলোই অঙৌবা, চম্নুন হুইরোই চীনহনএ (চৈ:কু:, ২০০৫, ২৩)" হায়বসি নত্তনা মচাক ফংবদা বারিবসি তোপ্পা থল্লম্লগা চৈথাবা হৌখিবসি শ্রীগৌরাঙ্গনা পোকখিবা মতুং (চৈতন্যাব্দ) চহি ৩০০ হৌত্রগা শক ১৭০৭, চৈতন্যাব্দ ৩০০, শঙ্করাব্দ ৯৯৭, মৈতৈ-চন্দ্রাব্দ ৯৯৭ অমসুং খৃঃ ১৭৮৫ গী মৈতৈগী চৈরাউবা (চাহৈ/চহি লাউবা/লাউথোকপা) নুমিত্তা পাংথোকখিবনি হায়বসিনা শাফগনি অমসুং মসি অনৌবা মতমগী মণিপুর শেমগৎ-শাগৎলম্বা [Builder/ Reconstructor of Modern Manipur] মৈতৈগী মবুংঙো রাজা গম্ভীরসিংহগী সনা হাক্তক্তা শেমগৎ-শাগৎপনি অমদি য়ুম্ফম থোল্লম্বনি হায়বসিনা খুদোং-থীনীঙঙাই লৈরোয়।

## (ঙ) মণিপুরাব্দ (মণিপুরগী কুম্বারোল)

মণিপুরাব্দ (মণিপুরগী কুম্বারোল) হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদা মমিংদা ওইনা হৌদোক্লম্বা কুম্বারোল অমসুং পাঞ্জিকা খুৎপায়নি। মসিনা চৈথারোল কুম্বাবগী কুম্বারোলশিংগী অরোয়বনি। মসিদা মসিগী হৌফম কুমশীঙনচিংবা অমত্তা পীবীরমদে। অদুগা কুম্বারোলসি মসিবু হৌদোক্লিবা মতম (খৃঃ ১৯৪৮)

দুগী অক্নাওবা পাঞ্জি অদুনা মহাক্কী লাইরিক ফোংবগী লাইরিক অমা/অনিদা লাইরিক ফোংবগী চহি থাবদা শীজিন্নবা নত্তনা অতৈ মীওইবশিংনা শীজিন্নরম্বগী ঈ-পাউ পঙফং ফংবা ঙমদে। কুম্বারোলসি হৌদোকপগী মতাংদা পল্লন্নিবদিঃ-

...অন্দ্রো সুরচন্দ্রগী কুম শক ১৮৭০ (খৃঃ ১৯৪৮) ... শজিবু থা ... ১৮ নি নিংথৌকাবদা ... শারুংবম নিংথেমজাওবু চন্দ্রসিদ্ধান্ত হাপই। কুম অদুদা মণিপুরাব্দ কৌবা খুৎপাইসু হৌদোকই (মথক্কীসিদা, ৬৫৪)।

হায়বসিনি। ব্রারোল মতেকসি য়েংলগা ব্রাখন্দা তারিবা মমিংদি 'খুৎপাই/খুৎপায়" হায়বসিদি পাঞ্জিকা, হায়বদি, চহি অমগী/খরগী কুমচৎ-কুম্বা, থাবান-থাচৎ, নুমিৎ-য়ুথক, পুংজা-মিৎকুপ (মিনিত) অমসুং নাহ্‌ম-শাহ্‌ম (সেকেণ্ড) পুম্নমক হোত্তোক-খোত্তোক্লগা পুন্না পীরবা কুম্বাবগী লাইরিক্কি, হায়বসিনি। অদুগা "মণিপুরাব্দ" হায়বসিনা মণিপুরগী কুম্বারোল/কুমবু খঙনবনিনা হায়রিবা মতমসিদা মণিপুরগী কুম্বারোল অমা লীংখৎ-শেমগৎলে হায়বসিসুনি।

মণিপুরাব্দসি শকাব্দ ১৮৭০ সিদা মসিগী কুম্বা-কুমশীঙ ১ (অমা) ওইদুনা হৌদোকখিবনি। হায়রিবা কুম্বারোলসি হৌদোকখিবা নুমিৎসি শকাব্দগী/ বেঙ্গোলীগী কুম্বারোনগী অহানবা থা বৈশাখগী তারিক ১৪ দা মৈতৈগী থাবান কুম্বারোলগীসু অহানবা থা শজিবুগী ১৮নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তনি। কুম্বারোল (মণিপুরাব্দ) সি মণিপুরগী নুমিৎকী খোঙচৎকী কুম্বাগা থাবান খোঙচৎকী কুম্বাগা অনিসি চুঙশিন্নবা কুম্বারোল [Lunisolar Years Era] নি। মণিপুরাব্দসিগী মচৎ-শাজৎ, খুহোৎ-খুৎপা, মওং-মতৌ, অসিনচিংবা পুম্নমক মান্নে অদুগা জ্যোতিষ চন্দ্রিকা অমসুং লঘু জ্যোতিষ চন্দ্রিকাদা য়ুম্ফম ওইবা চন্দ্রাব্দ নৎত্রগা মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক্কা অমসুং মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা থাবান কুম্বারোলগা অনিসি চৎননবগী মখোঙ ওইবনি।

## (চ) পাখংবা কুমশীঙ কুম্বারোল

মৈতৈ লাইরিক পুরান/পুয়াশিং অমসুং কোরী কোম্পাক্লচিংবা ঈপিগ্রাফিক রেকোর্ড [Epigraphic Record] খরদা পাখংবা কুমশীঙ কুম্বারোল [Pakhangbaa Era] অমসুং মাঙতাক-কুমশীঙ কুম্বারোল খর শীজিন্নরম্বা থেংনৈ, মখোয়সি চৈথারোল কুম্বাবদদি পীরমদে/পল্লমদে।

মখোয়সিগী মনুংদা পাখংবা কুমশীঙ কুম্মারোল অসিদং চৈথারোল কুম্মাবগা নাকোয়ননা মরী লৈনৈ। মরমদি মসি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌ ওইবা চহি অদুদা কুমশীঙ অমা নৎত্রগা কুম্মা-কুমশীঙ যুম্ফমগী চহি অমা ওইরগা লৌদুনা পাবনি অমসুং মৈদিংঙু পাখংববু ঈকাই খুম্নবা উৎপনি। মরম অসিনা হায়রিবা কুম্মারোলসিগী ফংলিবা/পীরিবা কুমশীঙদুদা চহী-কুমশীঙ ৪৫ (নিকুমঙা) খায়দেক্লগা শকাব্দ কুম্মারোলগী কুমশীঙ ফংগনি অমসুং চহি কুমশীঙ ৩৪/৩৩ তীনশিল্লগা খৃষ্টাব্দ কুমশীঙ ফংগনি। খুদমশিংদিঃ-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১) | পাখংবা কুমশীঙ | ১৭১০ | | ১৭১০/১৭১০ |
| | | – ৪৫ | | + ৩৪ + ৩৩ |
| | শকাব্দ কুমশীঙ | ১৬৬৫ | খৃষ্ট কুমশীঙ | ১৭৪৪/১৭৪৩ |
| ২) | শকাব্দ কুমশীঙ | ১৮৬০ | ৩) | খৃষ্ট কুমশীঙ ২০০৫ |
| | | + ৪৫ | | – ৩৪ |
| | পাখংবা কুমশীঙ | ১৯০৫ | | পাখংবা কুমশীঙ ১৯৭১ |

অসিশিংসিনি। পাখংবা কুমশীঙ কুম্মারোলসি "মাইচৌ লাংওন লাসং" কৌবা লাইরিক অমসুং ফয়েংগী কোরী কোম্পাক (ব্রাহ্মেংবম যুমজাও সিংহনা খৃঃ ১৯৩৫ দা ফোংদোক্লকপা) তা শীজিন্নবা থেংনৈ। কুম্মারোলসি মৈতৈ পণ্ডিত খরনা য়াম্না হৈ-শিংনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী সনা হাক্তক্তা নৎত্রগা মমাঙগী খৃঃ ১৮২৭ কী মতুংদা পুথোক্লম্বনি হায়না থাজজৈ।

## (ছ) মপাল লমগী খৃষ্টাব্দ/গ্রীগোরিয়ান কুম্মারোল

মৈতৈগী অফোংবা চৈথারোল কুম্মাবসিদা শীজিন্নরিবা মপাল লমগী কুম্মারোলশিংগী মনুংদগী খৃষ্ট কুমশীঙ কুম্মারোল অসিখক্তনি মরমদি মসি ইন্টর্নেসনেল ওইরবা কুম্মারোলনি। কুম্মারোল অসি খৃষ্ট ধর্ম্ম (Christinity) গী পুংজৈ ওইরিবা মহাপুরুষ প্রোফেট (Prophet) যীশু খৃষ্টগী মপোক-চহিদা যুম্ফম ওইদুনা হৌদোকখিবনি। মসি পোপ গ্রীগোরী XIII (1582 A.D.) না রিফোর্ম তৌবা কেলেণ্ডরনি হায়দুনা গ্রীগোরীয়ান কেলেণ্ডর/ঈরা হায়নসু খঙনৈ। কুম্মারোল অসিনা ইন্টর্নেসনেল লেভেলদা লৈখিবনা মরম ওইদুনা মৈতৈগী কুম্মারোলগী কুমশীঙশিংসি মসিগী কুমশীঙশিংদা ওন্থোক্লুনা

পীরবদি/থম্লবদি পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্কী মীওইশিংনা খঙনৈ। হায়জরিবা ওম্বাং-ওনশিনগী মওং-মতৌশিংদু মথক্তা উৎচম্রে।

খৃষ্ট কুম্বরোল অসিগী কুমশীঙ-কুমচৎ অসি যিশু খৃষ্টনা পোকখিবগী চহি/কুম অসিবু মশীঙ/কুমশীঙ অমা হায়দুনা লৌরগা/থম্লগা কুম্বারোলসিগী প্রভু যিশু খৃষ্টনা পোক্লিবগী মতমগী কুমচৎ-কুমশীঙ অমসুং প্রোফেটসিনা পোকপ্রবা মতুংদা চথরকপা কুমচৎ-কুমশীঙশিং অনিমক থক-খা পুদুনা চৎলি/থীনৈ/পানৈ। খৃষ্ট পোক্লিবগী/মমাঙগী মতমগী চহিশিংবু বিফোর খৃষ্ট [Before Christ] তেনশিল্লগা বি: সি: (B.C.) অমসুং খৃষ্ট মতুংগী চহিবু অফ্টর খৃষ্ট [After Christ] নৎত্রগা লেটিন মরোল্দা এন্নো খৃষ্ট নৎত্রগা [Anno Christ] এন্নো ডোমিনি [Anno Domini (in the year of our lord)], হায়না খঙনৈ। হায়রিবা বিফোর খৃষ্ট অসি মতৌ তমদুনা চৎলিবা চহি/কুমসিগী মমাঙগী মতমগী কুমশীঙ/চহি শীবদা/হায়বদা বিফোর প্রজেন্ট [Before Present] অমসুং তেনশিল্লগা বি: পি: (B.P.) হায়বসিসু চৎনরকই।

## (জ) খঙজিনবদা কান্নবা কুম্বারোল খর

মৈত্রবাক মণিপুরনা মহাক্কী মচা মৈতৈ নিংথৌশিংগী মপাম্বোম-পাঙ্গলগী মখাদা হৌখ্রবা মতমদা মনীঙতম্বা নিংথৌনা হাইনা হুম্না পানবা, মশা মতোমতনা লৈঙাক-ব্রায়েন থৌদাজবা অমসুং মনীঙ-মখা তম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লীংলম্বনা য়ুমথং-য়ুমলোন্নবদা লৈরম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক খরগী কুম্বারোল খর খঙজিনবগী তঙাইফদবা লৈ। খুদম ওইনা, মৈতৈনসু বর্মীজনসু অমগা অমগা তঙ তানবা য়েক্লবনি হায়না লৌনরম্বা বর্মীজ/ম্রাম্মা/ম্যাম্মা [Burmese/Mramma/Myamma] শিংগী বর্মীজ ঈরা (Burmese Era), তেনশিল্লগা বি: ঈ: (B.E.); মৈতৈ হিন্দু ধর্ম্ম লৌরুবা মকওইবা, লৈপাক বাংলা/বঙ্গ/গৌরদেশকী বাঙ্গলাব্দ (Banglabda) অমসুং চৈতন্যাব্দ, মুস্লীমশিংগী কুম্বারোল হেজিরা [Hejira], বিক্রম সম্ভদ [Vikram Samvat], শঙ্কারাব্দ (Sangkarbda), অসিনচিংবনি।

## কুম্মারোলশিংনা চৈথারোল কুম্মাবদা কুম্মারিবা ইইল

মৈতৈগী চৈথারোল কুম্মাবা হায়বদি চহি হৌবগী চৈথারিবা মীশক অদুগী মমিং-মথানা হৌরগা চৈথারিবা কুমদুগী কুমশীঙ, কুমদুগী থাশিং মথং-মনাউ নাইনা, থাশিংদুগী থাবানগী পরীংগী মথং-মনাউ/অহান-অকোন কায়দনা, থাবান্দুগী তারিবা নুমিৎকী মমিংমথা তাক্লনা চখ্বরক্লগা যৌদোক-য়াথোক্কী ঈ-পাউনা মতুং ইন্দুনা চৎলি। হায়রিবা ওংদা-কায়দাসিদা যৌদোক-য়াথোক্কী ঈ-পাউশিংদুগী মমলদু কুম, থা, থাবান, অমসুং নুমিৎতুনা লেপ্পগুম তৌরি।

### কলি কুমশীঙ

চৈথারোল কুম্মাবদা কল্যাব্দ নৎত্রগা কলি কুমশীঙগী কুম্মারোলগী কুমশীঙনা চহিগী মশক তাকপা নৎত্রগা মশীঙ থাবা/পীবগী নাওং-নাতা অমসুং মচৎ-লাকচৎসি অমুকখক্তংদগী হেন্দে। হায়জরিবা য়াফমসিনা খঙহল্লিবদি মসিনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র [মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা] গী সনা হাক্তক্তা হৌদোকখিবা ভাগবত ধর্ম্মগী শক্তম ফোংদোক্লিবনি অমসুং তাক্লিবনি। ভগবত ধর্ম্মগী মরমদা তেন্না শক্তাক্লিবদি মখাগীসিনি —

The Bhagavata tradition in Vaisnavism and Saivism which emerged in the early centuries A.D. stressing the personal devotion, Bhakti, of the worshipper for an individual deity, made the religion more flexible and more easily exportable [R.T., 1987, 177].

### শক কুমশীঙ

মণিপুরগী কুম্মাবা [Manipur Chronicle/Diary] অসি শক কুমশীঙ নৎত্রগা শকাব্দনা য়োমদুনা কুম্মারোলগী অমসুং কুম্মা-কুমচৎকী শক্তম/শকফম খঙহনবা লাইরিক্নি। শকাব্দ কুম্মারোল অসি ভারতবর্ষগী তোংঙান-তোংঙানবা লৈপাকশিংগী মফম কয়াদগী খুনহোংলক্লগা বঙ্গ/ গৌরদেশ/বেঙ্গোল (বাঙ্গলাদেশ অমসুং নোংচুপ বেঙ্গোল পুল্লিঙৈগী লৈপাক) দা রাঢ়ী, বারেন্দ্র অমসুং বৈদিক হায়না খায়দোক্লুনা খুন্দা লৈতাক্লরগা মুস্লীমশিংগী শরিয়েটকী য়ায়েল—

**If a country is ruled by a Muslim/Mahammadan monarch the subjest must be Muslims otherwise they shall meet their gods. [A.L.S., 1987, 3]**

হায়বসিদগী মশা কঞ্জনবা মণিপুরদা অমুক খুনহোংলকপা ব্রাহ্মণশিং "মৈতৈ বামোন" হায়বশিং অসিগী খুত্থাংদা পোইরে মৈতৈ লৈপাকসিদা চঙলকখিবনি। হায়রিবা বামোনশিংসিবু মৈতৈ নিংথৌগী প্রজা ওইরে হায়না শকখঙবীখিবসি মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তগীনি, য়াপাংদিঃ–

...ঙাঙোম কবোগী কুম শক ১৫৫০ (খৃঃ ১৬২৮) ... চুকিসুং (থৌগীসুং) থোক্লকএ [চৈ:কু:,২০০৫, ৩৭]।

অসিনি। অদুবু কনাগুম্বা খরনদি মৈদিংঙু শেনবী ক্যাম্বগী সনা হাক্তক্তগীনি হায়না থাজনবসু য়াওরি [ম:ব:পু:খ:,ব:খু:খু:অ:]।

চৈথারোল কুম্বাবদা শক/শকাব্দ কুমশীঙসি মৈদিংঙু শেনবী ক্যাম্বগী মতমদা কুমশীঙ ১৩৯২ ফাওবদং কুমশীঙ কুমকাং-কুমকাংনা কুমশীঙ ৭৬ তগী চত্থরকখি (মথক্কীসিদা, ২০/২১ অমসুং ১) অমসুং নিংথৌ নিংথৌদুগী মতমদা থোকপা থৌদোক-য়াথোক, শাথোক-লাছোক্লচিংবা ইদুনা থম্মী/লৈ। অদুগা মৈদিংঙু শেনবী ক্যাম্বসিগী সনাহাক্তক্কী শক কুমশীঙ১৪০৭, সীলেটিয় শ্রীচৈতন্যদেবনা নবীপতা পোকখিবা কুমসিদা চৈথাবা হৌবগী পজেং/ফিরাল অসিমখক্তং থেত্তুনা থম্লম্লগা চহিসিদগী কুম কাংদনা মথং-মনাউ নাইনা চত্থরকপগী শক কুম্বারোলগী কুম্বা-খুৎপাসি হৌরকখি অমসুং শীজিন্নরকখি।

## মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা থাবান কুম্বারোল

মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা থাবান কুম্বারোলগী মচৎসি শক কুম্বারোনগী কুমশীঙগা খোঙলোইনদুনা চৎমিন্নে। থাবান কুম্বারোনগী থাশিংগী মথং-মনাউগী থমিং তাক্কুনা/পান্দুনা মতম পাবগী মওং-মতৌ, মচৎ-মনাৎ, লীচৎ-শাজৎনচিংবদা থা, থাবান অমসুং নুমিৎকী মমিং-মথা অমসুং মশক-মশা পীদুনা/তাক্কুনা চৎনবা য়াবা মওং-মতৌদা মতমগী মশক তাক্কুনা কুম্বাবাসি মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা (খৃঃ ১৬৫২-৬৬) গী সনা হাক্তক্কী মতমদগী চাং নাইবা খর খর হৌরকই [চৈ:কু:, ২০০৫, ৫৬]।

শক কুম্বারোলগী কুমশীঙ পীবগী/থাবগী চৎনবা পথাপ অমসুং পরমগী খুৎপা/খুথাদু চৈথারোল কুম্বাবসিগী অনীশুবা নিংথৌ খুইয়োঙ্গী তোম্পোক (খৃঃ ১৫৪-২৬৪) না নিংথৌ ওইবা শকাব্দ ৭৬ তগী হৌরগা ৩৭শুবা নিংথৌ মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা (খৃঃ ১৪৩২-৬৭) নোঙ্গাবগী শকাব্দ ১৩৮৯ ফাওবদা পীরিবসিদা কুম্বারোলসিগী (থাবান কুম্বারোনগী) মঙাল অমম্বা ওইনা উৎলি [মথক্কীসিদা, ১-১৯]। অদুগা হায়রিবা মতমসিগী মতুং, থাবান কুম্বারোলসিনা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী সনা হাক্তক্কী শকাব্দ ১৬১৫ দগী হৌখিবগী মরক্কী মতম অসিদসু কুম্বারোলসিগী চৎন-লোনচৎকী মমি শামনা উই। মৈত্রবাক্কী ৩৮শুবা মৈতি নিংথৌ মৈদিংঙু ক্যাম্বগী সনা হাক্তক্কী শকাব্দ ১৪০৭ তগী ৪৬শুবা মৈতৈ নিংথৌ লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী সনা হাক্তক্কী শকাব্দ ১৫৭০ ফাওবদি থৌদোক-ব্রাথোকশিং অসি চহি চহিগী ওইনা পী [মথক্কীসিদা, ১৯-৪১]। অদুগা মৈদিংঙু খাগেম্বসিগী সনা হাক্তক্কী শকাব্দ ১৫৭১ দগী মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী সনা হাক্তক্কী শকাব্দ ১৫৮৭ ফাওবগী মতম তাংককসিদদি মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা থাবান কুম্বারোনগী থাগী থামিং, থাবান অমসুং করি-করিগুম্বদা থাবান য়াওদবা নুমিৎকী মমিং পী (মথক্কীসিদা, ৪১-৪৫) অমসুং লমদাংসিদা থা-থাগী ওইবা থৌদোক-ব্রাথোক্কী ঈ-পাউ পীদুনা চৎলি, খুদম ওইনা –

১) ... শাইরোম মিৎশংগী কুম শক ১৫৭৪ ঈঙেন থা লংমাইচীঙদা মৈদিংঙু খাগেম্বা শিএ (মথক্কীসিদা, ৪২)।

২) ... শাইরোম মিৎশংগী কুম শক ১৫৭৪ ... থব্রান থা থাঙজা নুমিত্তা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা চহি ৩২ দা ফম্বাল কাইএ। লাংবন থাদা মহৌ নাএ। য়াঙ্গোই লানবদা মাউৎ মচা শঙ্গাই শিএ। শামু মরাম্বদা তোংদুনা লানমিন্নে। মহৌ ঙমএ। লান্দি লেংচোং ফাএ। মেরা থাদা ময়াংখাং নাএ, ঙমএ... [মথক্কীসিদা, ৪২]।

অসিশিংসিনি। অদুগা মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা থাবান কুম্বারোনগী থাগী থামিং, থাবান মশীঙ অমসুং নুমিৎকী মমিং শাগোন্নবা খর খর পীরকপসি মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী সনা হাক্তক্কী শকাব্দ ১৫৮৮ দগী হৌরগা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী সনা হাক্তক্কী শকাব্দ ১৬১০ ফাওবা চৎখ্রে [মথক্কীসিদা, ৪৬-৫৩]। মৈদিংঙু পাইখোম্বগী সনা হাক্তকসিগী শকাব্দ ১৬১১ দগী শজিবু থাগী নোংমা পানবা

(থা-অহন্নোং) দগী হৌদুনা চথরকপসিদা চহি অমগী লৈরিবা থাশিংগী মনুংদগী থা মরক-মরক্তা কানবা য়াওনা শকাব্দ ১৬১১ ফাওবা চথে (মথক্কীসিদা, ৫৪-৬১)। অদুবু মৈদিংগু তবী চরাইরোংব (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) সনাহাক্কী শকাব্দ ১৬২০ দগী থা অমতা চিথদনা থা-থা খুদিংমক্কী থা-অহনবোং (নোংমা পানব) পীরগা থা ১২ মক কান্দনা থাগী মমিং, থাবান মশীঙ অমসুং থাবান্দুদা নুমিৎকী মমিং পীদুনা চৈথারোল কুম্বাবা অকোংবসিগী লোয়বা ফাওবা, হায়বদি শকাব্দ ১৮৭৭ (খৃঃ ১৯৫৫) ফাওবা চথে (মথক্কীসিদা, ৬১-৬৯০)।

## চন্দ্রাব্দ অমসুং মণিপুরাব্দ

চন্দ্রাব্দ নৎত্রগা মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক অমসুং মণিপুরাব্দ অনিসিনা চৈথারোল কুম্বাবদা কুম্বারিবগী ওংদা-কাইদাদি মখোয় মশা-মশাগী ঝারোন্দা মথক্তা পীজখ্রিবা অদুনি। মখোয়সিদি চুন্নদমক হৌদোকখি হায়বগী ঈচম চম্না ঈ-পাউ পীবগী মওং-মতৌদা পীবনি, অদুদা চন্দ্রাব্দসিগী কুমশীঙ ১১ (তরামাথোয়) খক শকাব্দগা লোইননা কুম্বারোলগী কুমশীঙ পীরম্বদনি।

## ৱারোয়শিন

মৈত্রবাক মণিপুরগী চৈথারোল কুম্বাবগী কুম্বারোলশিংগী ৱাফম অমসুং ৱারমশিং, ফংলিবা অমসুং থেংনম্রিবশিং অসিদগী হৌজিক্কী মতমগী মিংয়েংদা শুরক্লিবদি মৈতৈ/মণিপুরী পাঞ্জি (Astrologer) শিং/পণ্ডিত (Astrological Scholar) শিং অসি মতম পাবা/খোংপগী মহৈ-মশীং (Art/Science of computing time) অমসুং চৈথারোল কুম্বারোল পাবা/হোংপা নংত্রগা শীঙশূ-শীঙথানবা (Calculation of Calendar Year in Era) নুমিৎ, থা, থাবাম্মিচাক অমসুং গ্রহ/নক্ষত্রশিংগী খোঙচৎ-খোঙথাংগী লৌশিঙসি য়াম্না নীঙথিনা খঙই, হায়বমক হায়বীনীঙম্রবসু য়ামম্রবদা চৎনবা য়াবা থাক্কী/চাংগী ৱাখল-লৌশিঙদি ফংলে, হায়বসিদা চীংননীঙঙাই ওইদে। অদুগা হায়রিবসিগী খুদম-চাংদম কয়ামুক খৃঃ ১৮৩৫ দগী লৈবে। লৈরিবশিংদুগী খ্বাইদগী অহানবদু লৌখত্তুনা উৎচরি।

... য়াম্নেমবা শ্যামগী কুম শক ১৭৫৭ ...কালেন থা ... থাশি য়ুমশকৈশ [খৃঃ ১৮৩৫ গী মে, জুনগী লোম্নবা] দা মীরৈপাক্কী গনত্তনা গ্রহন তৌগনি হায়ববু মণিপুরগী পণ্ডিতনা তৌরোয় হায়, তৌদরে [মথক্কীসিদা, ২৪৬]।

অসিনি। হায়রিবা পাঞ্জিকী মহৈ-মশিঙ অসি মৈতৈ পণ্ডিতশিং অসিনা ভারতবাসিশিংনা আলেক্সজেণ্ডর (৩৫৬-৩২৩ বি:সি:), ডি গ্রেটনা ভারত্তা লান্দারকপদগী ভারতবর্ষদা লৈহৌবা গ্রীকশিংদগী তমহৌবগুম মণিপুরদা খুনহোংলকপা ভারতকী গনক/কনক/কোনোকশিংদগী তমখিবনি। মৈতৈগী পাঞ্জিগী য়াম্না চম্বা পণ্ডিতশিংনা পায়নবসি শিবিক/শুবিকা (শিবাজ্ঞা = শিব অজ্ঞা = শিবগী য়াথং) হায়না কৌই। মৈতৈগী শিবাজ্ঞাগী পাঞ্জিগী মহৈ-মশিঙ হৈবসি অৱা [অৱা (Ava) সহরদা কোনুং ওইদুনা পানবা জাতি]/বর্মীশিংনা য়াম্না নীঙথিনা শকখঙ-মায়খঙলম্মী [N.I.S., 1976, 21] হায়বসিগী লোন্দা পুদাদুদি-

... The science of astrology was known to them. The Manipuri Brahmans were good astrologers, many of whom were kept at the court of Alaung-paya, the Bumeser king (Ibid, 21).

অসিনি। অদুগা পন্নারী-পুন্নারী থিবশিং, খাইনা হিষ্টোরিয়ান/ইতিহাসকার হায়না কৌনরিবশিংসিগী মমিং খুদিংমক্লদি ঐতিহাসিক/হিষ্টোরিকেল (Historical) কুম্মারোলশিংদদা মিংয়েং থম্লে অমসুং শাঞ্জি বিদ্যাগী ওইবা কুম্মারোল (Astrological Era) শিংদদি মমিং উইশিন্নে। মরম অসিনা চৈথারোল কুম্মাবগী মচাকশিংসি হাপচিনবা/হাপ্পা য়াবা, ইন্টর্নেস্নেল/নেস্নেলগী থাক্তালৈবা কুম্মারোল অমা মৈতৈ/মণিপুরীগী খাই-মীয়াম্মা য়ানবগী থাক্তা লেপথোকপীবা অদুবু য়াম্না নুংশি পামজনা তরাম্না ওকচনবা শেম-শাজরি।

মণিপুর (Manipur/Munnipore) হায়বা লৈপাকসি মনীঙ-মখা তম্না, মশা মতোমতা লৈঙাক বায়েন-থৌদাজবা, নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা ওইনা খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুবারী ২৪ দা ম্যাম্মার/বর্মাগী সহর মচা য়ান্দাবূ (Yandaboo) দা য়ুনাইটেড কিংদম অমসুং অৱা/বর্মা/ম্যাম্মারগা তৌনখিবা সন্ধী (Treaty) দগী য়ুরোপকী জাতি ৬ [English/British, French, Portuguese, Armenian, Dutch, etc. (B.A., 1987, 293, 299, 306, 308, 338 & 342)], এসিয়াগী জাতি ৮ [Burmese, Indian, Chinese, Thai/ Siamese, Sinhalese, Malasian, Russian, Japanese, etc. (Ibid, 305, 308, 310, 319, 320, 323)] অমসুং আমেরিকাগী জাতি ১ [American (Ibid, 320, 341)] না ইন্টর্নেস্নেল লেভেল (International Level) দা শকখঙখিবনি। মরম অসিনা অফোংবা চৈথারোল কুম্মাবগী ঈডিটরশিংনা অফোংবা লাইরিক্কী মনীঙগী শরুক্তা শকাব্দগা খৃষ্টাব্দগগী কুমশীঙ মান্নবশিং হাপ্পীরি। হৌজিক মথক্তা হায়জখিবগুম মণিপুর ইতিহাসকী ওইনা জাতিগী থাক্তা কুম্মারোল অমতং পুখৎপীরক্লবগী মায়কৈদা থৌরাংবা মিংয়েং থমজরি।

# অতৈ কুম্বারোল খরদগী খৃষ্ট কুম্বারোলদা ওম্নবা খেন্নবা কুমশীঙগী পাম্বে

| মশীঙ | কুম্বারোল মখলগী মমিং | খৃষ্টাব্দ ওন্থোকপদা চীনশিনমদবা/খায়দোক্নবা খেন্নবা মশীঙ | | কুম্বা-কুমশীঙ | খৃষ্ট কুমশীঙ |
|---|---|---|---|---|---|
| | | খুদম | মশীঙ | | |
| ১) | কল্যাব্দ (কলি কুমশীঙ) [Year of Kaliyuga Era] | – | ৩১০২ | ৫১০২ | ২০০০ |
| ২) | শকাব্দ/শক/Saka year | + | ৭৮ | ১৯২২ | ২০০০ |
| ৩) | মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক (চন্দ্রাব্দ)/ মণিপুরাব্দ [Manipuri Lunar Year] | + | ৭৮৮ | ১২১২ | ২০০০ |
| ৪) | হেজিরা (Hejira year) | + | ৫৭৯ | ১৪২১ | ২০০০ |
| ৫) | বাঙ্গলাব্দ/সন (অনৌবা) [Banggala/Sana (new) year] | + | ৫৯৩ | ১৪০৭ | ২০০০ |
| ৬) | চৈতন্যাব্দ [Chaitanya's year] | + | ১৪৮৫ | ৫১৫ | ২০০০ |
| ৭) | পাখংবা কুমশীঙ [Pakhangba's year] | + | ৩৩/৩৪ | ১৯৬৭/ ১৯৬৬ | ২০০০ |
| ৮) | বিক্রম সম্ভদ [Year of Vikram Sambhad] | – | ৫৮ | ২০৫৮ | ২০০০ |
| ৯) | বুদ্ধাব্দ (গৌতম/বুদ্ধ কুমশীঙ) [Year of Buddha] | – | ৪৮৭ | ২৪৮৭ | ২০০০ |
| ১০) | শঙ্করাব্দ [Year of Shangkarachariya] | + | ৭৮৮ | ১২১২ | ২০০০ |
| ১১) | মহাবীরাব্দ (জৈন কুমশীঙ) [Mahabeera'/Jain year] | – | ৫৪০ | ২৫৪০ | ২০০০ |
| ১২) | বর্মীজ কুমশীঙ [Year of Burmese Era (B.E.)] | + | ৬৩৯ | ১৩৬১ | ২০০০ |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৩) | i) ত্রিপুরী ঈরা [G.E.] | + | ৩২০ | ১৬৮০ | ২০০০ |
| | ii) সন (অরিবা) [Sana (old)] | + | ৫৯১ | ১৪০৯ | ২০০০ |
| ১৪) | থাই কুমশীঙ | + | ৬৩৮ | ১৩৬২ | ২০০০ |
| ১৫) | জাপানীঙ কুমশীঙ, নেঙো [Year of Japanese Era Nenga] | + | ৬৪৫ | ১৩৫৫ | ২০০০ |
| ১৬) | চাইনীজ কুমশীঙ নেঙো | – | ২৬৩৭ | ৪৬৩৭ | ২০০০ |
| | [Year of Chinese Era | – | ২৫৭৭ | ৪৫৭৭ | ২০০০ |
| | Nengo | – | ২৫১৭ | ৪৫১৭ | ২০০০ |

## <u>শকাব্দদগী চন্দ্রাব্দ ওনবা</u>

| মশীঙ | কুম্থারোল মখলগী মমিং | খুদম | মশীঙ | কুম্থা-কুমশীঙ | শক-কুমশীঙ |
|---|---|---|---|---|---|
| ১) | চন্দ্রাব্দ (মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক) | + | ৭১০ | ৯৯০ | ১৭০০ |

# মরী-মথোঙ লৌকয়শিং

**ক) মৈতৈলোনগী অকোংবা লাইরিক**

১) চৈ:কু:, ২০০৫ = লাইরেনময়ুম ৺ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ; চৈথোরোল কুম্বাবা (ইম্ফাল-২০০৫)।

২) ই:অ:(প:), ১৯৮০ = ইরোম অমুবী (পণ্ডিত): শজিফু চৈরাউবা (ইম্ফাল-১৯৮০)।

৩) ও:গ:স: ১৯৪৮ = ওয়নাম গোকুলচাঁদ সিংহ; বৈষ্ণব ইতিহাস (ইম্ফাল-১৯৪৮)।

**খ) মৈতৈলোনগী খুৎয়ি লাইরিক**

১) খু:লা:খু: = চৈথারোল কুম্বাবা, খুৎয়ি (মণিপুর ষ্টেট অর্কাইভসতা লৈবা)।

২) ম:ব:পু:খু: = মণিপুরগী বিষ্ণুপুরান খুৎয়ি লাইরিক

৩) ব:খু:, খু:, অ: = বামোন খুম্বোঙ্লোন খুৎয়ি লাইরিক অমসুং অকোংবশিং

**গ) ইংলিশকী অকোংবা লাইরিক**

1. E.B., 6 = Encyclopedia Britannic, Vol. 6

2. C.S & O, 1990 = Catherine Schwarz & Others : Chambers English Dictionary (Delhi-1990)

3. J.A.C., 1986 = J.A. Cuddon: A Dictionary of Literary Terms (U.S.A., 1986)

4. J.C. & O, 1970 = J. Coulson & Others: Oxford Illustrated Dictionary (London-1970)

| | | |
|---|---|---|
| 5. P.I.H.C., 1939 | = | Procedings of Indian Historical Congress, 3rd Session (Calcutta-1939) |
| 6. R.C.M., 1979 | = | R.C. Majumdar: A Brief History of India (Calcutta-1979) |
| 7. R.S.T., 1987 | = | Rama Shankar Tripathi: History of Ancient India (Delhi-1987) |
| 8. R.T., 1987 | = | Romila Thapar: Ancient Indian Social History (New Delhi-1987) |
| 9. A.L.S., 1987 | = | A.L. Srivastava: Medieval Indian Culture (Agra-1987) |
| 10. B.A., 1987 | = | By Authority: Gazetteer of Burma, Vol. I (Delhi-1987) |
| 11. N.I.S. 1976 | = | N. Ibobi Singh: Manipur Administration (1709-1907) (Imphal-1976). |

~~~(0)~~~
~~~

বাকচীং, ১৭২১/১৭৯৯-১৮০০

| মণিপুরী | | ইণ্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তারিখ | [illegible] | [illegible] | [illegible] |
| থা | ১ | পৌ | ১ | Dec | 27 | Fr |
| | ২ | | ২ | | 28 | Sa |
| | ৩ | | ৩ | | 29 | Su |
| | ৪ | | ৪ | | 30 | Mo |
| | ৫ | | ৫ | | 31 | Tu |
| | ৬ | | ৬ | Jan | 1 | We |
| | ৭ | | ৭ | | 2 | Th |
| | ৮ | | ৮ | | 3 | Fr |
| | ৯ | | ৯ | | 4 | Sa |
| | ১০ | | ১০ | | 5 | Su |
| | ১১ | | ১১ | | 6 | Mo |
| | ১২ | | ১২ | | 7 | Tu |
| | ১৩ | | ১৩ | | 8 | We |
| | x | | x | | 9 | Th |
| | ১৪ | | ১৪ | | 10 | Fr |
| | ১৫ | ○ | ১৫ | | 11 | Sa |
| ★ | ১৬ | | ১ | | 12 | Su |
| | ১৭ | | ২ | | 13 | Mo |
| | ১৮/১৯ | | ৩/৪ | | 14 | Tu |
| | ২০ | | ৫ | | 15 | We |
| | ২১ | | ৬ | | 16 | Th |
| | ২২ | | ৭ | | 17 | Fr |
| | ২৩ | | ৮ | | 18 | Sa |
| | ২৪ | | ৯ | | 19 | Su |
| | ২৫ | | ১০ | | 20 | Mo |
| | ২৬ | | ১১ | | 21 | Tu |
| | ২৭ | | ১২ | | 22 | We |
| | ২৮ | | ১৩ | | 23 | Th |
| | ২৯ | | ১৪ | | 24 | Fr |
| | ৩০ | ● | [illegible] | | 25 | Sa |

কোণেন্তর অসি
খৃঃ ১৮০১ দগী হৌবনি।
মসিদা পীজরিবা অতোপ্পা
কুপ্পারোপ কুমশীঙ, থা,
থাবান অমসুং নুমিৎসিনা
ইণ্ডিয়াগী মপুঙ ওইবা
শকাব্দ অদুনি,
বঙ্গ/বেঙ্গোলগী শকাব্দ
নৎপ্রগা বাঙ্গলাব্দদু
নৎচদে। মসিদা মৈতৈগী
মমাঙগী কোণেন্তরগা
মান্নবা পীদুনা উৎচরি।

## ফাইরেন, ১৭২১/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| ফাইরে | ১ | মা | ১ | Jan | 26 | Su |
| | ২ | | ২ | | 27 | Mo |
| | ৩ | | ৩ | | 28 | Tu |
| | ৪ | | ৪ | | 29 | We |
| | ৫ | | ৫ | | 30 | Th |
| | ৬ | | ৬ | | 31 | Fr |
| | ৭ | | ৭ | Feb | 1 | Sa |
| | ৮ | | ৮ | | 2 | Su |
| | ৯ | | ৯ | | 3 | Mo |
| | ১০ | | ১০ | | 4 | Tu |
| | ১১ | | ১১ | | 5 | We |
| | ১২ | | ১২ | | 6 | Th |
| | ১৩ | | ১৩ | | 7 | Fr |
| | ১৪ | | ১৪ | | 8 | Sa |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | | 9 | Su |
| ★ | ১৬ | | ১ | | 10 | Mo |
| | ১৭ | | ২ | | 11 | Tu |
| | ১৮ | | ৩ | | 12 | We |
| | ১৯ | | ৪ | | 13 | Th |
| | ২০ | | ৫ | | 14 | Fr |
| | ২১ | | ৬ | | 15 | Sa |
| | ২২ | | ৭ | | 16 | Su |
| | ২৩ | | ৮ | | 17 | Mo |
| | ২৪/২৫ | | ৯/১০ | | 18 | Tu |
| | ২৬ | | ১১ | | 19 | We |
| | ২৭ | | ১২ | | 20 | Th |
| | ২৮ | | ১৩ | | 21 | Fr |
| | ২৯ | | ১৪ | | 22 | Sa |
| | ৩০ | ● | ● | | 23 | Su |

## লমতা, ১৭২১/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| লম | ১ | ফা | ১ | Feb | 24 | Mo |
| | ২ | | ২ | | 25 | Tu |
| | ৩ | | ৩ | | 26 | We |
| | ৪ | | ৪ | | 27 | Th |
| | ৫ | | ৫ | | 28 | Fr |
| | ৬ | | ৬ | Mar | 1 | Sa |
| | x | | x | | 2 | Su |
| | ৭ | | ৭ | | 3 | Mo |
| | ৮ | | ৮ | | 4 | Tu |
| | ৯ | | ৯ | | 5 | We |
| | ১০ | | ১০ | | 6 | Th |
| | ১১ | | ১১ | | 7 | Fr |
| | ১২ | | ১২ | | 8 | Sa |
| | ১৩ | | ১৩ | | 9 | Su |
| | ১৪ | | ১৪ | | 10 | Mo |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | | 11 | Tu |
| | ১৬ | | ১ | | 12 | We |
| | ১৭ | | ২ | | 13 | Th |
| | ১৮/১৯ | | ৩/৪ | | 14 | Fr |
| | ২০ | | ৫ | | 15 | Sa |
| | ২১ | | ৬ | | 16 | Su |
| | ২২ | | ৭ | | 17 | Mo |
| | ২৩ | | ৮ | | 18 | Tu |
| | ২৪ | | ৯ | | 19 | We |
| | ২৫ | | ১০ | | 20 | Th |
| | ২৬ | | ১১ | | 21 | Fr |
| | ২৭ | | ১২ | | 22 | Sa |
| | ২৮ | | ১৩ | | 23 | Su |
| | ২৯ | ● | ● | | 24 | Mo |
| | ৩০ | | ৩০ | | 25 | Tu |

## শজিবু, ১৭২২/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্দিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| শ | ১ | চৈ: | ১ | Mar | 26 | We |
| | ২ | | ২ | | 27 | Th |
| | ৩ | | ৩ | | 28 | Fr |
| | ৪ | | ৪ | | 29 | Sa |
| | ৫ | | ৫ | | 30 | Su |
| | ৬ | | ৬ | | 31 | Mo |
| | ৭ | | ৭ | Apr | 1 | Tu |
| | ৮ | | ৮ | | 2 | We |
| | ৯ | | ৯ | | 3 | Th |
| | ১০ | | ১০ | | 4 | Fr |
| | ১১ | | ১১ | | 5 | Sa |
| | ১২ | | ১২ | | 6 | Su |
| | ১৩ | | ১৩ | | 7 | Mo |
| | ১৪ | | ১৪ | | 8 | Tu |
| ✪ | ১৫ | ○ | ⑮ | | 9 | We |
| | ১৬ | | ১ | | 10 | Th |
| | ১৭ | | ২ | | 11 | Fr |
| | ১৮ | | ৩ | | 12 | Sa |
| | ১৯ | | ৪ | | 13 | Su |
| | ২০ | | ৫ | | 14 | Mo |
| | ২১ | | ৬/৭ | | 15 | Tu |
| | ২২ | | ৮ | | 16 | We |
| | ২৩ | | ৯ | | 17 | Th |
| | ২৪ | | ১০ | | 18 | Fr |
| | ২৫ | | ১১ | | 19 | Sa |
| | ২৬ | | ১২ | | 20 | Su |
| | ২৭ | | ১৩ | | 21 | Mo |
| | ২৮ | | ১৪ | | 22 | Tu |
| | ২৯ | ● | ● | | 23 | We |
| | ৩০ | | x | | 24 | Th |

## কালেন, ১৭২২/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্দিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| কালেন | ১ | বৈ | ১ | Apr | 25 | Fr |
| | ২ | | ২ | | 26 | Sa |
| | ৩ | | ৩ | | 27 | Su |
| | ৪ | | ৪ | | 28 | Mo |
| | ৫ | | ৫ | | 29 | Tu |
| | ৬ | | ৬ | | 30 | We |
| | ৭ | | ৭ | May | 1 | Th |
| | ৮ | | ৮ | | 2 | Fr |
| | ৯ | | ৯ | | 3 | Sa |
| | ১০ | | ১০ | | 4 | Su |
| | ১১ | | ১১ | | 5 | Mo |
| | ১২ | | ১২ | | 6 | Tu |
| | ১৩ | | ১৩ | | 7 | We |
| | ১৪ | | ১৪ | | 8 | Th |
| | ১৫/১৬ | ○ | ⑮/১ | | 9 | Fr |
| | ১৭ | | ২ | | 10 | Sa |
| | ১৮ | | ৩ | | 11 | Su |
| ★ | ১৯ | | ৪ | | 12 | Mo |
| | ২০ | | ৫ | | 13 | Tu |
| | ২১ | | ৬ | | 14 | We |
| | ২২ | | ৭ | | 15 | Th |
| | ২৩ | | ৮ | | 16 | Fr |
| | ২৪ | | ৯ | | 17 | Sa |
| | ২৫ | | ১০ | | 18 | Su |
| | ২৬ | | ১১ | | 19 | Mo |
| | ২৭ | | ১২ | | 20 | Tu |
| | ২৮ | | ১৩ | | 21 | We |
| | ২৯ | | ১৪ | | 22 | Th |
| | ৩০ | ● | ● | | 23 | Fr |

## ইঙা, ১৭২১/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | [illegible] | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| ইং | ১ | জৈ | ১ | May | 24 | Sa |
| | ২ | | ২ | | 25 | Su |
| | ৩ | | ৩ | | 26 | Mo |
| | ৪ | | ৪ | | 27 | Tu |
| | ৫ | | ৫ | | 28 | We |
| | ৬ | | ৬ | | 29 | Th |
| | ৭ | | ৭ | | 30 | Fr |
| | ৮ | | ৮ | | 31 | Sa |
| | ৯ | | ৯ | Jun | 1 | Su |
| | ১০ | | ১০ | | 2 | Mo |
| | ১১ | | ১১ | | 3 | Tu |
| | ১২ | | ১২ | | 4 | We |
| | ১৩ | | ১৩ | | 5 | Th |
| | ১৪ | | ১৪ | | 6 | Fr |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | | 7 | Sa |
| | ১৬ | | ১ | | 8 | Su |
| | ১৭ | | ২ | | 9 | Mo |
| | ১৮/১৯ | | ৩/৪ | | 10 | Tu |
| | ২০ | | ৫ | | 11 | We |
| | ২১ | | ৬ | | 12 | Th |
| ★ | ২২ | | ৭ | | 13 | Fr |
| | ২৩ | | ৮ | | 14 | Sa |
| | ২৪ | | ৯ | | 15 | Su |
| | ২৫ | | ১০ | | 16 | Mo |
| | ২৬ | | ১১ | | 17 | Tu |
| | x | | x | | 18 | We |
| | ২৭ | | ১২ | | 19 | Th |
| | ২৮ | | ১৩ | | 20 | Fr |
| | ২৯ | | ১৪ | | 21 | Sa |
| | ৩০ | ● | ● | | 22 | Su |

## ইঙেন, ১৭২২/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | [illegible] | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| ইন | ১ | আ: | ১ | Jun | 23 | Mo |
| | ২ | | ২ | | 24 | Tu |
| | ৩ | | ৩ | | 25 | We |
| | ৪ | | ৪ | | 26 | Th |
| | ৫ | | ৫ | | 27 | Fr |
| | ৬ | | ৬ | | 28 | Sa |
| | ৭ | | ৭ | | 29 | Su |
| | ৮ | | ৮ | | 30 | Mo |
| | ৯ | | ৯ | Jul | 1 | Tu |
| | ১০/১১ | | ১০/১১ | | 2 | We |
| | ১২ | | ১২ | | 3 | Th |
| | ১৩ | | ১৩ | | 4 | Fr |
| | ১৪ | | ১৪ | | 5 | Sa |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | | 6 | Su |
| | ১৬ | | ১ | | 7 | Mo |
| | ১৭ | | ২ | | 8 | Tu |
| | ১৮ | | ৩ | | 9 | We |
| | ১৯ | | ৪ | | 10 | Th |
| | ২০ | | ৫ | | 11 | Fr |
| | ২১ | | ৬ | | 12 | Sa |
| | ২২ | | ৭ | | 13 | Su |
| | ২৩ | | ৮ | | 14 | Mo |
| | ২৪ | | ৯ | | 15 | Tu |
| | ২৫ | | ১০ | | 16 | We |
| | ২৬ | | ১১ | | 17 | Th |
| | ২৭ | | ১২ | | 18 | Fr |
| | ২৮ | | ১৩ | | 19 | Sa |
| | ২৯ | | ১৪ | | 20 | Su |
| | ৩০ | ● | ● | | 21 | Mo |

## থবান, ১৭২২/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| থা | ১ | শ্রা | ১ | Jul | 22 | Tu |
| | ২ | | ২ | | 23 | We |
| | ৩ | | ৩ | | 24 | Th |
| | ৪ | | ৪ | | 25 | Fr |
| | ৫ | | ৫ | | 26 | Sa |
| | ৬ | | ৬ | | 27 | Su |
| | ৭ | | ৭ | | 28 | Mo |
| | ৮ | | ৮ | | 29 | Tu |
| | ৯ | | ৯ | | 30 | We |
| | ১০ | | ১০ | | 31 | Th |
| | ১১ | | ১১ | Aug | 1 | Fr |
| | ১২ | | ১২ | | 2 | Sa |
| | ১৩/১৪ | | ১৩/১৪ | | 3 | Su |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | | 4 | Mo |
| | ১৬ | | ১ | | 5 | Tu |
| | ১৭ | | ২ | | 6 | We |
| | ১৮ | | ৩ | | 7 | Th |
| | ১৯ | | ৪ | | 8 | Fr |
| | ২০ | | ৫ | | 9 | Sa |
| | ২১ | | ৬ | | 10 | Su |
| | ২২ | | ৭ | | 11 | Mo |
| | ২৩ | | ৮ | | 12 | Tu |
| | x | | x | | 13 | We |
| | ২৪ | | ৯ | | 14 | Th |
| ★ | ২৫ | | ১০ | | 15 | Fr |
| | ২৬ | | ১১ | | 16 | Sa |
| | ২৭ | | ১২ | | 17 | Su |
| | ২৮ | | ১৩ | | 18 | Mo |
| | ২৯ | | ১৪ | | 19 | Tu |
| | ৩০ | ● | ● | | 20 | We |

## লাংবন, ১৭২২/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| লাং | ১ | ভা | ১ | Aug | 21 | Th |
| | ২ | | ২ | | 22 | Fr |
| | ৩ | | ৩ | | 23 | Sa |
| | ৪ | | ৪ | | 24 | Su |
| | ৫ | | ৫ | | 25 | Mo |
| | ৬/৭ | | ৬/৭ | | 26 | Tu |
| | ৮ | | ৮ | | 27 | We |
| | ৯ | | ৯ | | 28 | Th |
| | ১০ | | ১০ | | 29 | Fr |
| | ১১ | | ১১ | | 30 | Sa |
| | ১২ | | ১২ | | 31 | Su |
| | ১৩ | | ১৩ | Sep | 1 | Mo |
| | ১৪ | | ১৪ | | 2 | Tu |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | | 3 | We |
| | ১৬ | | ১ | | 4 | Th |
| | ১৭ | | ২ | | 5 | Fr |
| | ১৮ | | ৩ | | 6 | Sa |
| | ১৯ | | ৪ | | 7 | Su |
| | ২০ | | ৫ | | 8 | Mo |
| | ২১ | | ৬ | | 9 | Tu |
| | ২২ | | ৭ | | 10 | We |
| | ২৩ | | ৮ | | 11 | Th |
| | ২৪ | | ৯ | | 12 | Fr |
| ○ | ২৫ | | ১০ | | 13 | Sa |
| | ২৬ | | ১১ | | 14 | Su |
| ★ | ২৭ | | ১২ | | 15 | Mo |
| | ২৮ | | ১৩ | | 16 | Tu |
| | ২৯ | | ১৪ | | 17 | We |
| | ৩০ | ● | ● | | 18 | Th |

## মেরা, ১৭২২/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রেগরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | তারিখ | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| মে | ১ | [illegible] | ১ | Sep | 19 | Fr |
| | ২ | | ২ | | 20 | Sa |
| | ৩ | | ৩ | | 21 | Su |
| | ৪ | | · | | 22 | Mo |
| | ৫ | | ৫ | | 23 | Tu |
| | ৬ | | ৬ | | 24 | We |
| | ৭ | | ৭ | | 25 | Th |
| | ৮ | | ৮ | | 26 | Fr |
| | ৯ | | ৯ | | 27 | Sa |
| | ১০/১১ | | ১০/১১ | | 28 | Su |
| | ১২ | | ১২ | | 29 | Mo |
| | ১৩ | | ১৩ | | 30 | Tu |
| | ১৪ | | ১৪ | | 1 | We |
| ০ | ১৫ | ○ | (১৫) | | 2 | Th |
| | ১৬ | | ১ | | 3 | Fr |
| | ১৭ | | ২ | | 4 | Sa |
| | ১৮ | | ৩ | | 5 | Su |
| | X | | X | | 6 | Mo |
| | ১৯ | | ৪ | | 7 | Tu |
| | ২০ | | ৫ | | 8 | We |
| | ২১ | | ৬ | | 9 | Th |
| | ২২ | | ৭ | | 10 | Fr |
| | ২৩ | | ৮ | | 11 | Sa |
| | ২৪ | | ৯ | | 12 | Su |
| | ২৫ | | ১০ | | 13 | Mo |
| | ২৬ | | ১১ | | 14 | Tu |
| ★ | ২৭ | | ১২ | | 15 | We |
| | ২৮ | | ১৩ | | 16 | Th |
| | ২৯ | | ১৪ | | 17 | Fr |
| | ৩০ | ● | ● | | 18 | Sa |

## হিয়াঙ্গৈ, ১৭২২/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রেগরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | তারিখ | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| হি | ১ | [illegible] | ১ | Oct | 19 | Su |
| | ২/৩ | | ২/৩ | | 20 | Mo |
| | ৪ | | ৪ | | 21 | Tu |
| | ৫ | | ৫ | | 22 | We |
| | ৬ | | ৬ | | 23 | Th |
| | ৭ | | ৭ | | 24 | Fr |
| | ৮ | | ৮ | | 25 | Sa |
| | ৯ | | ৯ | | 26 | Su |
| | ১০ | | ১০ | | 27 | Mo |
| | ১১ | | ১১ | | 28 | Tu |
| | ১২ | | ১২ | | 29 | We |
| | ১৩ | | ১৩ | | 30 | Th |
| | ১৪ | | ১৪ | | 31 | Fr |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | Nov | 1 | Sa |
| | ১৬ | | ১ | | 2 | Su |
| | ১৭ | | ২ | | 3 | Mo |
| | ১৮ | | ৩ | | 4 | Tu |
| | ১৯ | | ৪ | | 5 | We |
| | ২০ | | ৫ | | 6 | Th |
| | ২১ | | ৬ | | 7 | Fr |
| | X | | X | | 8 | Sa |
| | ২২ | | ৭ | | 9 | Su |
| | ২৩ | | ৮ | | 10 | Mo |
| | ২৪ | | ৯ | | 11 | Tu |
| | ২৫ | | ১০ | | 12 | We |
| | ২৬ | | ১১/১২ | | 13 | Th |
| | ২৭ | | ১৩ | | 14 | Fr |
| | ২৮ | | ১৪ | | 15 | Sa |
| | ২৯ | ● | ● | | 16 | Su |
| | ৩০ | | | | | |

## পোইন্নু, ১৮২২/১৮০০

| মণিপুরী | | ইন্দিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| পোই | ১ | আগ | ১ | Nov | 17 | Mo |
| | ২ | | ২ | | 18 | Tu |
| | ৩ | | ৩ | | 19 | We |
| | ৪ | | ৪ | | 20 | Th |
| | ৫ | | ৫ | | 21 | Fr |
| | ৬ | | ৬ | | 22 | Sa |
| | ৭ | | ৭ | | 23 | Su |
| | ৮ | | ৮ | | 24 | Mo |
| | ৯ | | ৯ | | 25 | Tu |
| | ১০ | | ১০ | | 26 | We |
| | ১১ | | ১১ | | 27 | Th |
| | ১২ | | ১২ | | 28 | Fr |
| | ১৩ | | ১৩ | | 29 | Sa |
| | ১৪ | | ১৪ | | 30 | Su |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | Dec | 1 | Mo |
| | ১৬ | | ১ | | 2 | Tu |
| | ১৭ | | ২ | | 3 | We |
| | ১৮ | | ৩ | | 4 | Th |
| | ১৯ | | ৪ | | 5 | Fr |
| | ২০ | | ৫ | | 6 | Sa |
| | ২১ | | ৬ | | 7 | Su |
| | ২২ | | ৭ | | 8 | Mo |
| | ২৩ | | ৮ | | 9 | Tu |
| | ২৪ | | ৯ | | 10 | We |
| | ২৫ | | ১০ | | 11 | Th |
| | ২৬ | | ১১ | | 12 | Fr |
| | ২৭ | | ১২ | | 13 | Sa |
| ★ | ২৮ | | ১৩ | | 14 | Su |
| | ২৯ | | ১৪ | | 15 | Mo |
| | ৩০ | ● | ● | | 16 | Tu |

## বাকচীং, ১৭২২/১৮০০-০১

| মণিপুরী | | ইন্দিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| বা | ১ | পৌ | ১ | Dec | 17 | We |
| | ২/৩ | | ২/৩ | | 18 | Th |
| | ৪ | | ৪ | | 19 | Fr |
| | ৫ | | ৫ | | 20 | Sa |
| | ৬ | | ৬ | | 21 | Su |
| | ৭ | | ৭ | | 22 | Mo |
| | ৮ | | ৮ | | 23 | Tu |
| | ৯ | | ৯ | | 24 | We |
| | ১০ | | ১০ | | 25 | Th |
| | ১১ | | ১১ | | 26 | Fr |
| | ১২ | | ১২ | | 27 | Sa |
| | ১৩ | | ১৩ | | 28 | Su |
| | X | | X | | 29 | Mo |
| | ১৪ | | ১৪ | | 30 | Tu |
| | ১৫ | ○ | (১৫) | | 31 | We |
| | ১৬ | | ১ | Jan | 1 | Th |
| | ১৭ | | ২ | | 2 | Fr |
| | ১৮ | | ৩ | | 3 | Sa |
| | ১৯ | | ৪ | | 4 | Su |
| | ২০ | | ৫ | | 5 | Mo |
| | ২১ | | ৬ | | 6 | Tu |
| | ২২ | | ৭ | | 7 | We |
| | ২৩ | | ৮ | | 8 | Th |
| | ২৪ | | ৯ | | 9 | Fr |
| | ২৫ | | ১০ | | 10 | Sa |
| | ২৬/২৭ | | ১১/১২ | | 11 | Su |
| ★ | ২৮ | | ১৩ | | 12 | Mo |
| | ২৯ | | ১৪ | | 13 | Tu |
| | ৩০ | ● | ● | | 14 | We |

## ফাইরেন, ১৭২২/১৮০১

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| ফাই | ১ | মা | ১ | Jan | 15 | Th |
| | ২ | | ২ | | 16 | Fr |
| | ৩ | | ৩ | | 17 | Sa |
| | ৪ | | ৪ | | 18 | Su |
| | ৫ | | ৫ | | 19 | Mo |
| | ৬ | | ৬ | | 20 | Tu |
| | ৭ | | ৭ | | 21 | We |
| | ৮ | | ৮ | | 22 | Th |
| | ৯ | | ৯ | | 23 | Fr |
| | ১০ | | ১০ | | 24 | Sa |
| | ১১ | | ১১ | | 25 | Su |
| | ১২ | | ১২ | | 26 | Mo |
| | ১৩ | | ১৩ | | 27 | Tu |
| | ১৪ | | ১৪ | | 28 | We |
| ● | ১৫ | ○ | (১৫) | | 29 | Th |
| | ১৬ | | ১ | | 30 | Fr |
| | ১৭ | | ২ | | 31 | Sa |
| | ১৮ | | ৩ | Feb | 1 | Su |
| | ১৯ | | ৪ | | 2 | Mo |
| | ২০ | | ৫ | | 3 | Tu |
| | ২১ | | ৬ | | 4 | We |
| | ২২ | | ৭ | | 5 | Th |
| | ২৩ | | ৮ | | 6 | Fr |
| | ২৪ | | ৯ | | 7 | Sa |
| | ২৫ | | ১০ | | 8 | Su |
| | ২৬ | | ১১ | | 9 | Mo |
| | ২৭ | | ১২ | | 10 | Tu |
| ★ | ২৮ | | ১৩ | | 11 | We |
| | ২৯ | | ১৪ | | 12 | Th |
| | ৩০ | ● | ●৩০ | | 13 | Fr |

## লমতা, ১৭২২/১৮০১

| মণিপুরী | | ইন্ডিয়ান | | গ্রীগোরিয়ান | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | থাবান | মাস | তিথি | Month | Date | Day |
| লম | ১ | ফা | ১ | Feb | 14 | Sa |
| | ২/৩ | | ২/৩ | | 15 | Su |
| | ৪ | | ৪ | | 16 | Mo |
| | ৫ | | ৫ | | 17 | Tu |
| | X | | X | | 18 | We |
| | ৬ | | ৬ | | 19 | Th |
| | ৭ | | ৭ | | 20 | Fr |
| | ৮ | | ৮ | | 21 | Sa |
| | ৯ | | ৯ | | 22 | Su |
| | ১০ | | ১০ | | 23 | Mo |
| | ১১ | | ১১ | | 24 | Tu |
| | ১২ | | ১২ | | 25 | We |
| | ১৩ | | ১৩ | | 26 | Th |
| | ১৪ | ○ | (১৪) | | 27 | Fr |
| | ১৫ | | ১৫ | | 28 | Sa |
| | ১৬ | | ১ | Mar | 1 | Su |
| | ১৭ | | ২ | | 2 | Mo |
| | ১৮ | | ৩ | | 3 | Tu |
| | ১৯ | | ৪ | | 4 | We |
| | ২০ | | ৫ | | 5 | Th |
| | ২১ | | ৬ | | 6 | Fr |
| | ২২ | | ৭ | | 7 | Sa |
| | ২৩ | | ৮ | | 8 | Su |
| | ২৪ | | ৯ | | 9 | Mo |
| | ২৫/২৬ | | ১০/১১ | | 10 | Tu |
| | ২৭ | | ১২ | | 11 | We |
| ★ | ২৮ | | ১৩ | | 12 | Th |
| | ২৯ | | ১৪ | | 13 | Fr |
| | ৩০ | ● | ●৩০ | | 14 | Sa |

